# কংলৈ লংবা পাখংবা



মঙাং গুরুনা থম্বিরম্বা মতুং ইন্না—

ইথোকচবা --

শ্রীকোন্দঙাংসনা রাজকুমার।

১বা খুৎনম

১৯৫৫ ইং

লাইরিক যংফম শ্রীরাঃ কুঃ তোমাল সিংহ

সাং ৱাংখৈ লৈকাই।



# কংলৈ লংবা পাখংবা

অফোঙবা ( ২বা থুংনম )

নিংথৌ মচা মনিসনা
লৈবাঙখোয়থোং কৈবুং, ইম্ফাল।

১ বা ফোঙবা ১৯৫৫ ইং
কোপি মশিং :- ১০০০
২ বা ফোঙবা ১৯৮৭ ইং
কোপি মশিং :- ৩০০০

অমমল লুপা ৪.০০

লাইরিক ফংফম :-
লাইরিক য়োনফম ষ্টোরশিংদা

নমফম :— রেবা প্রেস কৈশামথোং, বাজার, ইম্ফাল।




# [illegible]কোঙবগী ৱাৰোল

"কংলৈ ফংবা পাথংব" হায়বা লাইবিক মচা অসি, মৈতৈগী মীরোন থিজিন্নবগী; লংজিন পীবা লাইরিক অমনি। হৌজিক্কী চহী ৩০গী মমাঙদা; শিকোকথংসন। রাজকুমারনা ইথোক্তুনা ফোংদোকপা অমম্মুং লাইরিক ফংফম্না রাজকুমার তোমাল সিংহ, অনিনা পুথোকপিরম্বা লাইবিক্কি। লাইবিক অসি পীক্রা য়াম্না শম্না ইরবস্থু পারি-পুবিগী (ইতিহাসকী) মক ওইবা মচাক কয়া য়াওবিবনা; মীয়াম্না তোয়না খিনবকই অমম্মুং অনৌবা অমুক নমথোক্লবা তাকপীবকই। মবম অসিদগী, লেপাক্কী থরদং বাম্নগদ্রা খঞ্জতুনা; অইবা অমম্মুং অফোওবা অনিনক মশা। লেখিদ্রবনা, লেহৌ-রিব ইমুং মনুংগী মচা মনাওশিংদগী অয়াবা লৌজবগা; অনিশুনা খুংনমগী হক ঐনা লৌজহনা ফোংদোচবানি। অনিশুনা খুংনম অনিদা, করিগুম্বা অমতা হাপতোপ হাপচিন্, সেমদোক মেজিন তৌজদে। অহানবা খুংনম অহুমক কাযদনা ফোঙদোকচবানি। লাইরিক অসি লৌবীহুনা মীয়াম্না নৈনবীরবদি, হোংনজমনগী মহৈ য়াম্লে হায়না লৌজ'র।

নোল্লুকচবিবা

নিংথৌ মচা মনিসনা

হৈরাঙখোয়থোং কৈবুং ইম্ফাল।

# কংলৈ লংবা পাখংবা

— :O:·—

১। কোহং কোদা :— গুরুনিদবা।

২। থোইহং কোদা :— কোঞ্জিন্ পাখংবা।

৩। তয়োহং কোদা ঃ — কোরৌহনবা।

৪। পোইহং কোদা : - কোবয়েন।

৫। হযিচকতা :— কাংবা।

৬। হয়াচক্তা ঃ — মোরিয়া।

৭। লাংবচকতা ঃ— ককপ্পুবা।

৮। কোম্মচকতা ঃ— মী লাই।

কোঞ্জিন পাখংবনা :— লৈকক নৈয়াবেন পাল্লহুনা, লৈসংলেন পোকএ।

লৈসংলেনা, লৈহংলেন পাল্লহুনা লৈতেংলেন পোকএ।

লৈতোংলেনা, লৈথুবেন চম্মু পাল্লহুনা, লৈতং লিন্তাং সাংবা পোকএ।

লৈতং লিন্তাং সাংবনা, কোনফু লাইফু পাল্লহুনা, কোনসৌরেন পোকএ।

কোনসৌরেনা, লাইয়েক লাইখুং পাল্লহুনা, শেন্দ্রেং পোকএ।

শেন্দ্রংনা লৈষ্টংয়াবিরোক পান্নহুনা, নোংদা লাইরেন পাখংবা পোকএ।

নোংদা লাইবেন পাখংবনা, লাইস্না পান্নহুনা, খোইব তোম্বোক পোকএ।

খোইবা তোম্বোক্না, নোংমাইস্রু পান্নহুনা, তাওথিংমাং পোকএ।

তাওথিংমাংনা, হান্নু পান্নহুনা, খুই পোকএ।

খুইনা, হান্নুহন পান্নহুনা, পেংসিবা পোকএ।

পেংসিবনা, লাইতোংখু পান্নহুনা কাওখংবা পোকএ।

কাওখংবনা, লাইতোংহন পান্নহুনা, নাওফোংবা পোকএ।

নাওফোংবনা, কারৈমা পান্নহুনা সমৈবাং পোকএ।

লাইরেন নাওফোংবগী সনা হাকথক্তা মৈতৈ লৈবাক্তা, নোংচুপ লোমদগী, মুসমানগী লম্বোইবা অমা ফাওরকএ।

মুসমান্না। মৈতৈ নংখোইনা সাকার নিংবসে নিংগনা। মুসমান ঐখোয়গী নিরাকার নিংসে হাইদনা, মানা হাইর। মতৈ তংখাই অমদি, মাগী রায়েন য়াখং ইনখ্রে। মৈতৈগী লাইনিং লমচং লানসিল্লকলে। লাইগী থৌরম পুন্নমকস্তুং তশেং অমাং খংহনদবে। মৈতৈ নখোইগী সিরগা, মৈদা পোংলোই থাম্বি মেথানু নখোইগী নত্তে হাইদুনা শাংফুম ফুমলে।

লাইরেন নাওফোংনা হাইরকএ। লৈবাক মচাশা শাংফুম ফুমরক্তু, যশ, য়েন চাইহৌদে হাইরকএ। লামুংবা শানে হাইদনা চাহন্দে।

মংম অত্তুদা লৈবাক শেপ্পা অতিয়া সিদবনা, থৌজানবিরগে

হাইদনা মাগী মপোক্তা চংহুনা নোংবান লুরাংসলাইদা গুরু লাইবা কৌনা চহি ১৩ গী মীগী লাইগী মশক ওইনা ফাওবকলে। মতম অহুদা লাইবেন নাওফোংবগী কংলা সংগাই অমা, মুসমানবু শাহল্লে। মানা কংলা সংগাই শাবা অদো উরেপ উযুং সোইববু গুরু লাইবনা, শোইরে হাইবা উরহুনা হে নিংথৌ যাইফবও, লৈপাকী কনাগুম্বা অহৈ-অশিং অথংবা লৈতববরা হাইবদা, নিংথৌ নংগী কংলা সংগাইগী উরেপ উযুংনা নপুথৌ তাওরোইনাইগী থিংথাং শোকলে। পরিং কারন চাদরে। লাইরেন নাওফোংবগা, লাইব গুরুগা রারম ঙাংনবিউঁদা, মুসমান গুরুস্থ রারম অসি তাবদগী পুক্নিং অকিবগা লোইননা, থুনা যাংনা কংলাদা কারকলে। মুসমান্দা লাইরেন নাওফোংবনা হে মুসমান অথোইবা নংনা নিংথৌ ঐগী হন্দক্কী কংলা সংগাই অসিদো উরেপ, উযুং, পরিং কারন চাদরে হাইএ। মংগী করম শেমগবনো হাইবদা, মুসমান গুরুনা, পুক্নিং অশ ওবগা লোইননা হাইরকএ।

হে নিংথৌ অথোইবও মীগী রাবু তাহুনা নিংথৌ পুক্নিং থাজবিগনো। পক্তিং কনানা হাইরবনো, গুরু কনাগী পাওতা-কনো, খুৎথিন সাথিন থজিক্কুং হাইহনবিয়ো। অসুম হাইরন্দা, অসি তাকপা ঙমদববদি, লৈকাইগী ফৌস্নথোম্না খুং পোকপা, মুংশামনিন্দনা নম পোকপা, নহানা মাইবা শাবা মং থনবা থোক্কনি। মুসমান গুরুগী রাহৈ তাবদা লাইবা গুরুনা হাইরকএ। লৌ মপু য়োংনা তানবা, ষুমদাংবনা কৈনাবা, মৈহৌবনা পেনা থোংবা,

লৈপুংনা যণ শাবা মো খোংদবা, অচুম্বুম্বু করম্না খ্রা লৌগবনো, হাইরবদা, লৈপাকনে, নিংথৌনে, পূম্নমক, চহি ১৩ দা ডাইশ্নিবা লাইবা গুরুনা চুমএ হাইনা লেপনরবদা লাইবেন নাওফোংবনা হাইবকএ।

হে অচাংও নংনা নিংথৌ ঐগী কংলা সংগাইবু উবেপ উয়ুং শোইরে হাইবিদা অসিবু, লাই কনানা তাকপনো, নংনা থংবা উনা রারা, অচাং নংসং লৈকাই কদাইদগীনো নথুম শাগৈস্নং বরম্বনো হায়না হংলবদা গুরু লাইননা খুমলকএ।

হে নিংথৌ যাইফবও পুক্নিং চেংনা তাবিও ঐদি নপুথৌ পাখংবনা খৌজানবিহুনা, নৈপাক মবা চেংনবা, ঐবু অশাংবমদা ইনিং লাইবা নৌনা পোকলুনো হাইনা পোকলবনা। ঐনা হাইদা না অসিবু থাজনবদি:—খুংখিন সাথিন করম্বন উংলো হাইবনো, ঐ লেপ্পা তৌবগে। হে নিংথৌ যাইফবও চেনফারাইএ অসম হাইবদা:—উবেপ উয়ুং অসিবু নিংথৌ নংগী নপান্দগী ঐ শংখোকচবগে যেংবিবা হাইবগা, গুরু লাইবদি অতিয়া গুরু সিদবা, নম্না পাখংবা, ২ বু খুরুমজবগা, তাওরোই নাইবু মমৈ মকোক কিপুপ ৩ মকপু থুপশিল্লগা যোংশিনখ্রে। অচুগা চিরাইনা, থাংলোন ৯ মকপু শোল্লগা, সুপ খ্রা সংগাইগী উয়ুং উবেপ চানাদা ৭ লক য়িবগা, নাওরোইনাইনা থৌদানাবরবগী ফিংশাং অম্বুক নামখোকলত্তুনা উবেপ উয়ুংনা চিংবা, তমারেং উথোক তরেং তয়াম্বসুং মগন্দনা ফুকথোক্তনা পাইখ্রগা লোক্তাক্ত্রা তারগা লাই ওইখ্রে।

লাইরেন নাওঙ্কোংবনা হাইরকএ। হে অঙাংও নংনা হাইবা য়াথংবু ঐ লেপ্পা ইল্লগে।

নিংথৌ ঐগী সংগাই যুমজাও অসিবু, নংনা অমুরক পারিং লাংশং উবেপ উয়ুং অনৌবা শুব্দুনা শাওও : হাইনা নিংথৌগী য়াথং পিরবদা, লাইনা গুরুনা হাইএ। ঐবু অনৌবা অমুক শাও শেম্মু হাইববদি :— চান্না লৌকগদবা উদি, কৌব্রুদগী হৈযুখোক্না উবেপ ওইদুনা, লাইবা গুরুনা সাইএ।

অদুগী মতুংদা খসমান শুরুসুং অৱাবা, ইকাইবা ফংঙদনা, গুরু লাইবগী যাথংদগী, মনৈপাক্তা চনখিএ।

অদুগী মতুংদা গুরু লাইবগা লাইরেন নাওংফাংবগা অনিমক্না পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী লাইনিং লংচং পুংখাকখ্রে। হরি সোনদুনা পুংসেন যৈদুনা খাম্বী তিথাদনা পোইশেলোইএ। থংমতৌনা লৈবাক নরা চেৎনা কুংথাইনা পাল্লে।

সৌমবাংনা লাইবৈমা পরদুনা পোল্লোকপা পোকএ। পোল্লোকনা খাবাবোন চন্থু পাগদুনা নাওথিংখোং পোকএ।

লাইরেন নাওথিংখোং হাকথক্তা গুরু মথাং লুবাং হক হমন গুরু ওমন অসিনা মীগী মপাক ওইনা পোকলরদনা থৱাই তয়াম্ববু লানবিগে হাইবগী ফাওবিক্রবদা লাইরেন নাওথিংখোংনা মঙাং গুরুগী থুয়াদা থৱাই চনশাং কনো নিজববগা মঙাং গুরুনা লাইরেন নাওথিংখোং পুক্নিং অংবেম্নবু উবদুনা গুরুগী য়াথং তয়াম্ববু হাইবিরকলে। হে নিংথৌ য়াইফনও নিংথৌ নংগী পুক্নিং অপাম্ববু হাইবো নংগী পুক্নিং মতুং ইন্না ঐ লেপনা হাইবিরগে। হাইববদা

লাইরেন নাওখিংখোংনা মচাং গুরুগী য়াথং চবদা মমিল্লা মপি সিঙ্গরক্কে. লৈবক্তা তুহনা, হাইজেএ। হে গুরু ইবুংঙোও নিথৌ ঐবু গুরুগী থৌজান ঙথোইবা খজিত্তং পিনবিগে হইরবদি, মিওইরিবা ঐখোয়গী লাইনিং কমচৎ করম্না, থবাই হকশাং পুম্না করম্না লানথিসিবনো। পোকলবদি শিগদবনে. হাইবদি মরৈরে তোকফরোইএ, থবাই লাম্লনবগী অসিঙ্গ গুরুনা অথুপ্পা লৈতনা. হাইবিও। হাইজববদা, মচাং গুরুনা নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না হাইবিরকলে। হে নিংথৌও পুক্নিং চেংনা তাবিও চক অকোনবা অসিদো। মিংলেন অসিদবু থোইনা অমা লৈতরে। লাইগুরু মহাক্তি মীমরু মীওহেন, মীমচং, থবাই চংখোনবাসিংদা লৈরবনে। তৌবমুং লাইবমলেন, অথোইবা থবাই ওইরিবা, মী খৈবিকনা নিংনগদবা মতমবু খজিক্তা হাইরক্কে, পুক্নিং চেংনা তাবিও। লাই গুরু, হাইবদি, অতিয়া মশক থংবা, ওমদব, লোংথাং বুপ্পা চুমিথাং থনবা, মতমগুম মংবান অনিমগী মনুংদা চংনা লৈবিব মনুং মপান অনিমগী, নাতৈ শমনরিবগী মনুংদা পুক্নিংনা নিংজগদবা মহাকসিদবা লাইদি অহুনি। চমিংদী অংগনাং সংগনাং কৌএ। মহাক কৌবা লাইদি মনিনে অথুপ্পা রাবমনে, অকুবনে যেদনসুং নিংদনসুং. তাক্তনমুং. থংবা উবা ঙমদে। অরেপ্প যদি, মহাক্তী. সোব হোন্দোক হোন জিন. খুদোন অনিমাখাই অতিয়াদা লংজনা লৈবনে, মহাক অহুবু, ফংজগে হাইদবদি গুরুনা তাকপা ময়েক অদো পুক্নিংনা খিং জিন্নুনা, পুক্নিং চংনা হ র স ও মকপু মমৈ মকোক ওন্না ওন্না ও লক সোল্লো গুরুগী মশক ওইনা ফাওরক্কদবনে। মসিবু হৌজি-

কনা শেমহনা খংনা খমজরবদি হয়েংগী মতমদা লমজাও চংপগুম মনিং তম্ব গুমগদবনে হৌজিকনা, খংজবদি হয়েং অরাবা মতমদা লমথোং ঙক্কদবনে মহাক অসিগী অরেম্ম নিংনাগদবদি গুরুগী খুয়া চেংনা নিংজও খাদোকনো। য়ারম ১মস্তং হাইরক্কে তাইবংপানবা অসিদা মশান য়ামনা য়াংবগী ঋন্বি ওইনা লৈএ। মরোন ৩ স্ননা লৈএ। ১ মদি অতিংকোক কৌএ। ১ মদি অতিয়া কৌএ। ১ মদি অতিংঙা কৌএ। অতিংকোক কৌবা অহুদি অহাংবগী মশেকনে। মহাক্তি নিংসা সরনে। অতিয়াদি গুরুকনে। অতিং-ঙাদি ইপানে। ৩ মক্কী মচুদি, লিকলা মচুনে ১ মনা অমুবনে ১ মনা অঙাংবনে ১ মনা অরাওবনে ৩ অসিবু অমাতা ওইনা তিনসিন্নবদি লিকলাগী মচুনে। মমিং অংশ কৌএ। সঅং কৌএ। হেরে কৌএ। হেরোদি মপা গুরুলেম্নে অমনা মিনে। ১ মনা হুমশাংনে। ১ মনা মমিংনে। ৩ মক্কী তিনকমদি অতিং কোকনে অম্মমনা খংও। মঙাং গুরুগী য়াথং মতু ইমা লাইরেন নাওখিংখোনা লাইনিং লমচৎ কাইদনা চৎহৌএ। নাওথিংখোংনা পুকৈবেনচম্ম পামহনা খোংদিনচা পোকএ। খোংদিন চানা পুকৈ-রেনচম্ম পামহনা কোইরেম্বা পোকএ কোইবেম্বনা লোইজাবা চম্ম পামহনা য়ারবা পোকএ। য়ারবনা লাম্বা পামহনা, অয়াবা পোক৹ অয়াংবনা লাম্বম্ম পামহনা নিংথৌচেং পোকএ। নিংথৌচেংনা লাম্বম্ম পামহনা চেংলৈ ইপান লাম্বা পোকএ। চেংলৈ ইপনা লাম্বম, লাম্বম্ম পামহনা য়াংলৌ কৈকাবা পেকএ। য়াংলৌ কৈকাবনা খোংলৈমা পামহনা, ইরেংবা পোকএ। ইরেংবনা হাওবৈমা,

পান্নহুনা লোইয়ুম্বা পোকএ। লোইয়ুম্বনা, হুমলৈম্বা, পান্নহুনা লোইত্তোংবা পোকএ। লোইত্তোংবা, নোংপা-লেন. সংলৈম, পাননহুনা, অতোন য়োইরেনবা, পোকএ। অতোন লোইরেনবনা সংলৈনা পানবহুনা ইরাম্বাবা পোকএ। ইরাম্বাবনা লিনহুরেন পাননপুনা থারাম্বাবা পোকএ। থরাম্বাবনা, তোংকাইঙম্ব, পাননহুনা চিংথংলাম্ববা পোকএ। চিংথংলম্ববনা পোংবিজল চম্নু পাননহুনা পুরম্বাবা পোকএ। পুরম্বাবনা, খুমনখোম্বী পাননহুনা, মোরাম্বা পোকএ। মোরাম্বনা য়াংলৈঙম্বী পাননহুনা থংবিলাম্ববা পোকএ। থংবিলাম্ববনা নাওসেম্বী পাননহুনা কোংয়াম্বা পোকএ। কোংয়াম্বনা খমদা পাননহুনা তেনহৈবা পোকএ। তেনহৈবনা তোলোংবা সনাখোম্বী পাননহুনা তবুংবা পোকএ। তবুংবনা লফেনঙম্বী পান-নহুনা লাইবেম্ব পোকএ। লাইবেম্বনা লফেনঙম্বী পাননহুনা পুন্সিবা পোকএ। পুন্সিবনা, লমজাচম্নু পান্নহুনা নিংথৌখোম্বা, পোকএ। নিংথৌখোম্বনা লিক্তোইঙম্বী, পান্নহুনা ক্যাম্বা পোকএ। ক্যাম্বনা' লৈসাংথেম চম্নু পান্নহুনা লম ক্যাম্বা পোকএ।

লম ক্যাম্বনা, সেনবুং লোকপি পান্নহুনা, লমগাই ঙমবা পোকএ।

লমগাই ঙমবনা, খুমন চম্নু পাননহুনা' নোংয়িনফাবা পোকএ।

নোংয়িন ফাবনা, চাখা তাংখুনঙমবী পাননহুনা, করোমবা পোকএ।

কবোম্বনা, নৈশাংথেম চম্নু পম্মহুনা, তাংজাখোম্ব পোকএ।

তাংজাখোম্বনা, হাওচোংঙম্বী পাম্মহুনা চালাম্বা পোকএ।

চলাম্বনা লম্মেনঙম্বী পাম্মহুনা, মুংয়াম্বা পোকএ।

মুংয়াম্বনা, চাংপোমঙম্বী পাম্মহুনা. খাগেম্বা পোকএ।

খাগেম্বনা, তাইবোংঙম্বী পাম্মহুনা খুঙ্গাওবগা, নোংপোক খোংলেন থৌবগা ২ মা পোকএ খুঙ্গাওবদি সাইনাইদে।

লাইরেন খাগেম্বা সনা হাকথক্তা। লাইগুরু ও মরুা মীগী মপোক ওইনা পোক্লবদা, গুরু লাগোল হুখাই ১ যুমনাম ভোম্বা ১ খাইদেম তোম্ব ১ গুরু ও মরুা মিংথেম খাগেম্বদা হাইযে।

হে লাইনিংথৌও, নিংথৌনা হংবা রাবম থোইনা লুবনা রাবম গসিবু নিংখো পুক্লিং হারাওনা তাবিও। হৌজিক থোই-মুন লাইরা অচেংপা, তিনথোং লাইথোং খংননবনু হাইরকে।

হৌজিকা মতম কোনচক অসিদি, নৈনৈ এরখোইগী লাইদি নপুথৌ পাখংববু থোইনা হেনব লাই অমা লৈতে। নপুথৌ পাখংবা হাইবদি, চক-চক খুদিংদা মিতুং মওইএ, লাইনু মওইএ। লাই খিবিক্কী মপুরেন সিদবা হাইবা অসিদো মরোন ও মক্কী মপুরেন লাই অথোইবা মহাকনে।

হৌজিকী মতমদিঃ— য়েংদনসুং লাকভনহং, মশক খংবা ঙমদরে। মনিন্দি মতাবি। রাবম অসিদি মরাই পালমিদা অয়াম্বনা খংবা ঙমদরবা রানে।

হে নিংথেম খাগেম্বও পুক্লিং চেংনা তাবিও।

মপু কৌবা লাইদি নপুখৌ পাখংবা মহাক অসিনে।

হৌজিক্কি লাই অসিনা য়াননবা লাইনিং লমচৎ খংননববু হাইরকে।

নপুখৌ পাখংবগী লাইনিং হাইবদি :— মহাক খংবা থরাই খংবা, মহাক্কী হকশাংবু উনা ঙম্বা, অমনবদা ইকাইবা খংবা চাকচা ঙৌথিবা, য়াহিপ মতাং খংবা, য়ুমশেংবা হৈবা, মথন্দনা ঙাক্লিবা, মনিন নাইত্রিবা, অগ্নুম্ববু মিকুপ অমতা থাদোকক্তরিবা। থরাই হকশাং ২ খু পাম্মুবা লৈত্রবা। মপা খংবা। লাইগুরুগী য়াথং লৈতাহন্দবা, লমচৎ খংবা, ঐনা ঐনা চলিবা নিংজেন থরাগী ওইবা খিবিকনা যাবিরবা, অসিগুমনবু নপুখৌ পাখংবনা হরাওনা লৌবিএ।

হে নিংথেম খাগেম্বও লাইনিং কৌবদি অসিনে। মতম ও মকতা কাওগনে। অমত্তং চংগদবা পোংবদি লরাই নেনফুদা চংগদবনে।

হে নিংথৌ খাগেম্বও রাবম অমস্তু হাইবকে।

থরানিচাক নিংথৌ সিদবদীগী, শজিক্লা চিকপোকলকএ। থানানা' পুপোকত্তুনা থাদা নিবে। থাদা চংলগা, মমিং খুমপিসংম্নু কৌএ। থাদগী নুমিত্তা থুবগা, মমিং তেতানৌ কৌএ। নুমিত্তগী ঈশিংদা থুরবে, মমিংদি :— হো য়ুং কৌএ। ঈশিংদগী মৈদা চংলগা, মমিংদি :— হোয়ুং হো কৌএ। মৈদগী নুংশিত্ত চংলগা হো সো কৌএ। নুংশিত্তগী ঈপাদা থুংলরে, মমিংদি, মী মী হো কৌএ। ঈপাদগী ঈমাদা চংলক্লে মমিংদি :—

ঙো হা ইমা তাংসং কৌএ। ইমাদগী তাইবংপানবা ফাওরক্লে। পোইরৈতোন কৌএ। অহুমনা খংও হে নিংথৌ খাগেমবও।

গুরু ঐখোই ও মক্না হাইরিবা ৱা তাসিদো, মী মপুক তপ্পুরিবা, মপুক লেপ্পুরিবদি পংনা হাইকবোইএ।

অসিগী মতুংদা নোংপোক খোংলেন খৌবনা মৈতৈ লৈমা যাওসোম চন্নু থংতাব পান্নচুনা, পাইখোমবগা, তোনসেনঙম্বগা ২ মা পোকএ। পাইখোম্বদি শোইনাইদে।

তোনসেন ঙম্বনা, মৈতৈ লৈমা তাংবম চন্নু তাইখোংঙম্বী কান্নচনা তুবি চরাইরোবা পোকএ।

তুবি চরাইরোংবনা মৈতৈ লৈমা সাপম চন্নু সুংথিল চাইবীগা, ইম্মো হিজম চন্নুগা, ইবেম্ম খাংজম চন্নুগা ৩ মা পান্নচুনা, ইকে লমা সুংথিল চাইবীনা, গরিবনৱাজগা, মনাও ইবুংঙো লোইয়ুমবগা ২ মা পোকএ।

ইবেম্মা হিজম চন্নুনা, খমপামবা পোকএ।

ইবেম্মা হিজম চন্নুনা, খমলাং পামসাবা সেনাপতিগা, মমাও ইবুংঙো মোংযামবা খাইবাকপগা, ২ মা পোকএ।

মনাও ইবুংঙো লোইয়ুম্বনা, হাওবম চন্নুগা, ময়াংলম্বম চন্নুগা ২ মা পান্নচুনা, হাওবম চন্নুনা শামরাম পোকএ। ময়াংলম্বম চন্নুনা, অভিরাম পোকএ।

মনাও ইবুংঙো খমলাং পামসবা সেনাপতিনা, শাপম চন্নুনে শরোংখাইবম চন্নুনা, খাবম চন্নুনে, ৩ মা পান্নচুনা, শরোংখাইবম চন্নুনা শন্তিরাম পোকএ। খাবম চন্নুনা, গোবিন্দ পোকএ।

মনাও ইখুংঙো মোংয়াম্বনা, উসম চন্থনে, খাইদেম চন্থনে, য়াইখোম চন্থনে, খোংবানতাবম চন্থনে, তাওবেম চন্থনে য়াংঙমবম চন্থনে, ৬ মা পাম্নহনা উসম, চন্থনা, ধনিকানন্দগা, তানজৌগা ১ পোকএ।

খাইদেম চন্থনো; বান শ্যাই পোকএ।

য়াইখোম চন্থনা মুকুন্দ শাইগা, কৃষ্ণ শাইগা ২ পোকএ।

তাওবেম চন্থনা কোকিলানন্দ পোকএ।

য়াংঙমবম চন্থনা, রূপানন্দ পোকএ।

গরিবনবাজ ময়াংঙমবনা, ইবেম্মা আরামবম চন্থনে ইবেম্মা হাওবম চন্থনে, ইবেম্মা ঙাংবম চন্থনে, ইবেম্মা চিংঙাখম চন্থনে, ইবেম্মা য়াইখোম চন্থনে, ইবেম্মা লাইশিকয়েংবম চন্থনে ইবেম্মা মাইবম চন্থনে, ইবেম্মা মোইবাং চন্থনে ইবেম্মা ব্রায়েনবম চন্থনে, ইবেম্মা আরানবম চন্থনে, ১০ মা পাম্নহনা ইবেম্মা আবানবম চন্থনা শ্যামশাই খুবাইলাকপা পোকএ।

ইবেম্মা মইবম চন্থনা, চোববাম শাই সেনাপতি পোকএ।

ইবেম্মা লাইশিকয়েংবম চন্থনা, আনন্তশাই রাংথৈলাকপা পোকএ। (নোংপোক লৈবিখোম্বা)

ইবেম্মা চিংঙাখম চন্থনা, হরিচরন শাইনে গদাধর শাইনে, দুর্লভ শাইনে, ৩ মা পোকই।

ইবেম্মা ব্রায়েনবম চন্থনা, সত্রুখন তোলেন শাই পোকএ। শাই ১৮ পোকএ। ১১ দি শোইনাইদে।

শ্রীগরিবনরাজ ময়াংঙম্বগী মা হাকথক্তা :— নোংচুপ লোম-

দগী, সাত্তিদাস লমবোইবগা রামদাসগা, মালোমদাসগা ও মা
নৈ তৈ লৈবাক্তা লাকএ।

গরিবনবাজগা, সাত্তিদাসগা অনিমক্তা রামগী বারম ভাংনৈএ।
সাত্তিদাসনা :— হে মহাবাজ অথোইবও: মহারজগী লৈবাক
অসিগী, মীসি মীনা থে ক্লবদি করম তৌবগে ?

গবিবনবাজনা খুমলকই:— ঐথোয়গী লৈপাক্কী মীন শিরবদি :— ঐথোয় মীওইবগী সকচাং অসিবু, থাবাইগা থাইনরগা
মপাল লৈকা য়াখোক্শং থাংপোক্তা, চংবি লাতোন থা, লফু
মোনথাংনন মালেম খানা পাংনা য়াক্তাংল্লে। অতুগা, বুদ্ধেন
বুদা হাপ্লগা, লমদাং শিংনা পুবগা, শিংশেমফমদা থাবগী শিংথল
৭ কী মখক্তা থাংগংলগা চুংথেক ৪ দা কোয়াং বা, মরি য়ুংহুনা
থাকল খল্লগা, থাকল ময়াইদা ভাগুবোনাইগী ময়েক হাপ্লগা,
থাম্বী মা কোইরগা, থাম্বী পোংলোই হিথাইএ।

অদুমনা থাম্বী পোংলোহ হিথাবা লোইরগা কৌরো গুমিং
১০ নি শুরগা, য়ুনশেং নাইহৈএ। কোরৌ নুমিং ১১ নি শুবগা,
১০ চাক চাহুনা মখো য়াংগোল্লে।

সাত্তিদাসনা— হে মহারাজ অথোইবও লাইনিং লমচৎতি
কনম তৌবগে ?

গবিবনবাজনা খুমলকই :— বিষ্ণুগী সেবা তৌই। ঐগী
শাগৈগী লাই স্বামহি অমগা সেবা তৌরি। লাইনিংথৌ পাখংবগী
সেবা তৌই। লাইনিংথৌ গুরু নোংসাবগী সেবা তৌই। ঐগী
লৈপাক্কী লাইনিং লমচৎতি অসিনি।

অসিগী মতুংদা গরিবনৱাজ মহারাজনা বাম সীতাসু নিপ'ন তৌহুনা সেবা চংলি।

লাইনিং লমচংকী মরম অসিদা ১নুং অসি হনাগী মরমদা, অরিবা লোন খরা উৎচদ্রে। হৌজিক মতমগী লোন খরমু য়াওরে।

মরম অসিনা অরিব লোন ওাক্তনা ইববদি. খরা মুংঙাই-ররোইদবা হাইহুনা হৌজিকী লোন্দা খরা ইজনে।

